# MAJOR MAXWELL



Lt. Col. H. S, R. P. Maxwell
1 S.C.C.S.I. Political Agent, Manipur

PRICE – Rs. 40/-

# PREFACE

ম্যাক্সবেল সাহেবকী বারী অসি ঐগী ইবুংঙো শ্রীতখেলম্বম 'কৃতি 'মৈশ্বরদগী' তাজহৌবনি । বারি তাজহৌবদগী ইজবনি । ঐনা বৃটিশকী রেকোর্ড কল্লামকম থেংনরকখিবা থরাং মীয়ামদা ফোংদোকচবনি ।

পাবিরিবশিংনা অরান্-অশুই কয়া য়াওরবস্তু তাকপীগনি । ইজ্রিবা হিরমসিদা চিংথ-নানথতৌবা য়াওরবস্তু মথংগী ফোংবদা হাপচিনজনবা তাকপীরকপা থৃদিংমক হরাও হরাও লৌজগনি ।


T. ROMOLA DEVI

Lecturer, D. M. College Arts & Com.

কংচরি লাইব্রিক অসি ইবুঙো ৺কৃতি

অমসুং

অপোকপা ৺ডামুদর অনিগী মফমদা নচা-নৌশিংনা।

শ্রীতখেল্লম্বম ৺কৃতি সিংহ, পঞ্চায় মেম্বর, উরিপোক তৌরাংবম লৈরক্তা লৈরম্বদগী কৈশামথোং লাইশোম লৈরক্তা লৈখি। মহাক সনাকোন্নুংগী শকখঙলবা, আইন, লোল কয়াবু খঙবা, মজা ইবেম্মা সনাতোম্বীবু লমজিংবীবা মীশক অমনি। মহাক্কী দামুদর কৌবা



**Takhellambam KRITI Singh**
**Panchai Member**

মচানিপা অমা পোক্কই। ৺কৃতি হিমালয় চীংগী গন্দকীদা লুপ্পদা ঈংমন্দুনা চিংখৎনি, মৈ ইক্রগা পান্থোমদা সাপা নমই, তাই অমুবা হাপ্পী থাংশাং পাইরগা গোবীন্দ ঙাকপদা সাহেপপিংনা টিকেন্দ্রজিৎ লৈব্রা? লৈতে, সাহেপনা মঙকশম পাইদুনা ইনবদা ময়া তেক্কই।

শ্রীতখেল্লম্বম ৺দামুদর সিংহ, কৈশামথোং লাইশোম লৈরক্পা লৈবা মহাক অসি মহারাজ বুদ্ধচন্দ্রগী প্রাইভেট সেক্রেটরি, ব্রাহ্মা সভাগী সদস্য অমসু ওইখি। মতাং ওইরিবৈদগী হৌনা অপোকপা ৺কৃতি মেম্বরগা লোয়নহনা কোনুংগা মরি লৈনরকই। মহাক



**Takhellambam Damudor Singh**
**Private Secretary**

মণিপুরদা ফোটো মন্নগী থুমাং য়াববা মীশকনি। মচানিপা ৪ ১ম্মুং মচানুপী ৫, কুমার, পোকুল্লো, জিতেন্দ্র, গেলেন্দ্রো, ইবেমহল, নিরমালা, বনমালা, রোমোলা অমসুং মোনোরামা পোকই।

শোক ১৮৯১ দা বৃটিশশিংনা মণিপুরগী ভমথৈদা চংশিনকুনা
কংলা লৌখিবা।



শোক ১৮৯১ দা বৃটিশনা মণিপুর লৌশিন্দুনা জেক ফিরাল য়ুংখিবা।



শোক ১৮৯১ দা বৃটিশনা বুল দোজরনা থুগাইগ্রবা কংলা শা



হিয়াংথাং লাইরেম্বীগী মন্দির।



সনাতোম্বীনা হিয়াংথাং লাইরেম্বী থূরুম্বদা, সনাহিদাক; লুপাহিদাক শুরুংদা হৈবদা চীং অত্থু নিকখি।

বিষ্ণুপুরগী থোং।



বিষ্ণুপুর তুরেলদগী নুং থূল্লগা; য়ুম শারগা, নংগা ঐন্না লৈমিন্নসি।

# Major Maxwell I.S.C. C.S.I.,

## Political Agent in Manipur and Superintendent of the State 1905

**মেক্সরেলগী অঙাং ওইরিঙৈগী :—**

মেক্সরেল অসি অঙাং ওইরিঙৈদা লণ্ডনদা লৈবা স্কুল অমদা লাইরিক তমই। হায়রিবা স্কুল অসিদা মেট্রিক পাস তৌই। লাইরিক তম্মা তম্মা শান্না খোৎনবস্থু য়াম্না থরায় য়াওজরমই। মহাক ক্রিকেৎ শান্নবা য়াম্না পামই। লমজেল তান্নবা অমসুং শগোল তোংহুনা লমজেল তান্নবা অসি য়াম্না হৈনৈ। মহাক মতম মাংহন্দনা হোৎনবা য়াম্না কল্লি। ফার্ষ্ট এইদকী থবক য়াম্না হৈনরমই অমসুং মহাক্না ফার্ষ্ট এইদ তৌহুনা, মীগী সেবা তৌবা অসি মহাক য়াম্না পামজে। চহি ৩০ শুত্রিঙৈদা মহাক লুহোংই। মহাকী মুপীনা নর্সকী থবক তৌই। মহাক মচা অনি পোকই। মহাক্না মরৈবাকীদমক্তা লাল কয়া চংলমই। মহাক্না লাল চংপদা লৈবাক কয়া কয়া থেংনরমই। থেংনরিবা লৈবাকশিং অতুগী চংনবী লোনচং শাজৎ কয়া উরকলমই। মহাক্না হায়রিবা লৈবাকশিং অতুগী লোনচং শাজৎ কয়া অমদি মখোয়গী পুন্সি মরেল উরকলমই। তুম্বা

চাবা খংদনা লৈবাক্কীদমক্তা হায়তুনা অৱা অনা কয়া থেংনৱমই। হায়ৱিবা থেংনৱিবা অৱা অনাশিং অতুনা মঙোন্দা অফবা অমা ওইৱমই। মগাক্কী মমা মপানস্থু মহাকপু য়াম্না চেকশন্না য়োকলকপা মীতানি। লৈবাক্কীদমক্তা হায়তুনা থেংনৱিবা অৱাবা খুদিংমক ময়োক য়াবদা হুনগন্দবা মীতানি। মহাক্না ধর্ম্মসালাগী মাইগেদা লৈবা শরুক খুদিংমক অসি মেক্সৱেল বাজার হায়না খংনৈ। মহাক্না স্কুল অমা লিংখংলমই। বাঙ্গালী এলঃ পীঃ স্কুল অমা মেক্সৱেল বাজারদা লিংখংলমই।

ৱাখল য়াম্না খনগনবা অমস্থুং মীম্নুংশি চাওবা মতৌনি। করিগুম্বা চিংনবা পোৎ অমা উবদা; খংদ্রিবা ফাওবদা থিগনবা মীনি। মহাক্না চৎথিবা লৈবাক অতুগী লোন অতু হেক্তা খংনবা হোৎনবদা; হেক্তা থুনা খংবা ঙমই। কনাগুম্বা মী অমগী ফৎত্তনবা থবক তৌগে হায়না মহাক খক খন্দে। অফবা থবক তৌরণা, অফবা মহৈ ফংগনি হায়বা অসি মহাক্কী ৱাখলনি। মহাক্না মহাক্কী মচাদা শেমবা অতুগুম্না মফম অতুগী মীশিং অতু শেমগে হায়না খল্লি। মহাক্না লান চৎপদা চীং কয়া, তুরেল কয়া অমস্থু জঙ্গল কয়া লান্দুনা চংলমই। মরৈবাক্কীদমক্তা ফনবা তৌবা মীশক অমনি হায়বা অসি লণ্ডন্দা লৈবা মী খুদিংমক্তা খংই।

বৃটিসনা ইন্দিয়াগী মন্নুংদা লৈবা স্টেট পুম্নমক জয় তৌৱমই। বৃটিসনা লৌশল্লিবা লৈবাক পুম্নমক্কী মন্নুংদা মনিপুৱনা অৱোইবা সৌবনি বৃটিসনা মনিপুৱ হায়বা ষ্টেত অসি লৈ হায়বা অসি মখোয়না খংদে। হেক হৌৱকপদগী হৌনা মনিপুৱ অসিদি নিংথৌ পান্দুনা

লৈরমই। চীংনা কোয়শল্লগা কনাস্থু উদনা লৈবা লৈবাকনি। কনাগুম্বা মৈতৈ ললোনবশিংনা চীং অসি ফাওদোক্তুনা চৎলগা ললোল ইত্তিক তৌরমই। মখোয়না ফাওদোক ফাওজিন তৌবা অসি কনাসু উদে। সাহেবশিংনা উরমই। মীশিংনা চীং অসি ফাওদোক ফাওজিন তৌরগা চৎপা অসি উরগা, মফম অসিদা করিনো অমা লৈরমলে হায়না থল্লি। সাহেবশিংনা য়েংবা মতমদা চীংনা কোয়শল্লগা করিস্বা লৈবাক ১ লৈরমই। হায়রিবা লৈবাক অসি লৈহাও য়াম্না চেনবা চৈনবা লৈবাক ১ ওইরমই। হায়রিবা মনিপুর হায়বা লৈবাক অসি "সংগ্রিলা" ভেল্লিগুম্বনি। লৈবাক অসি ভারজিল সোইলনি। মীনা খংদবা লৈবাকনি। হায়রিবা লৈবাক অসি মশানা স্টেটহুদ ওইদুনা নিংথৌ পান্দুনা অহুম লৈরমই। নিংথৌ পানবা মনিং মখা তস্বা লৈবাকনি। নিংথৌনা শাসন তৌবা লৈবাকনি। চীংস্থু, তমস্থু নিংথৌগী লমনি। চীংদা লৈবা হাওশিং (চীংমীশিং) অসি করিগুমবা মফম ১গী লাকপনি। মৈতৈ নিংথৌদা লোইপোৎ কারগা লৈবনি। মখোয়না মৈতৈ নিংথৌদা পীবা খাজনা অসিবু লোইপোৎ হায়না খংনৈ। মৈতৈ নিংথৌগী লমদা চীংখোং চীংয়াদা লৈবনি। হায়রিবা চীংগী মাগী লোয়পোৎ অসি বৃটিসকী মতমদস্থু অহুম মৈতৈ নিংথৌদা লোয়পোৎ কাদুনা লৈরমই। বৃতিস লাকত্রিঙৈগী মতমদগী অহুম মৈতৈ নিংথৌদা লোয়পোৎ কাদুনা লৈরমই। হায়রিবা নিংথৌ পানবা লৈবাক অসিদা সাহেবশিংনা লান্দাদুনা মনিপুর হায়বা লৈবাক অসি লৌশল্লমই। মতম অদুদা ইংলেন্দগী মেজরেলবু পোলি-

তিকেল এজেণ্ট অমা ওইনা মনিপুরদা থারমই। মহাক অসি পুকচেল তপ্পা, অথাং কনবা অমসুং মথৌনা ফবা মীশক অমনি। মতম অদুদা মাউণ্টবেটেননা ইন্দিয়াগী ভাইসরোই ওইরমই। ভাইসরোইনা সেক্সরেলবু খ্বাইদগী অশিংবা মীনি হায়দুনা মহাকপু মনিপুরগীদমক্তা থারমই। মহাকনা মফম অদুগী শাসন অদু ফজনা তৌগনি হায়দুনা থারকপনি। মহাক্নবু চৎথ্রবা মফম অদু ফজনা শেমগনি, হায়বা অসি বৃত্তিসশিংগী রাখলনি। মনিপুরদা মেক্সরেলনা লাকপদা মৈতৈ নিংথৌনা মহাকপু চংহনখিদে। মনিপুরগী লম্বী, থোং চাওখৎতবা অদু উরগা মহাক্না য়াম্না নুংঙাইরমদে। মতম খরা লৈরগা মনিপুরগী লম্বী. থোং পুম্নমক মহাক্না শেম্লমই। শাসনসু সাহেবশিংনা নিংথৌগী মখাদা শাসন তৌরমই। মহাকনা কংলা মনুংদা লৈবা সুরচন্দ্র মহারাজগী মচানুপী রাজকুমারী স্নাতোম্বীবু মেক্সরেল সাহেবনা লৌরমই। হাপতা বাঙ্গলা মনুংদা স্নাতোম্বীগা লৈমিন্নরমই। অহানবদা ইগী য়ুম অমদা লৈরমই। মতু শিদোকলগা, অনৌবা য়ুম অমা শারমই। অনৌবা শাবা য়ুম অদুদা মখোয় অনি লৈমিন্নরমই। মেক্সরেলনা শারমবা য়ুম অদু হৌজিক ফাওবা লৈরি। মহাক্না মেক্সরেল স্কুল লিংখৎলমই ধর্ম্মসালারোম থংবা মাইকৈ অসি মেক্সরেল হায়না খংনৈ। মহাক্না বাঙ্গালি এল পি স্কুল অমা মেক্সরেল বাজারদা লিংখৎলমই।

## 1. Mexwell life history :—

Maxwell অসি London দা লৈবা Thames তুরেলগী মপান্দা পোকপনি। মাবু পোকপা মপানা জহাজগী থবক তৌই। মাবু পোকপা মমানা Nurse কী থবক তৌই। মখোয় মচিন মনাও অহুমনি। নুপা অনি নুপী অমনি। মেক্সরেলনা নুপী থিরবা মতুং য়াম্না কুইনা লৈরগা মনাওনুপা য়াইমা অহু নুপী থিখি। মেক্সরেল মচা অনি পোকই। নুপা অমা অমসুং নুপী অমনি, নুপীনা অহলনি। নুপানা অতোনবনি। নুপীমচা অহু ঈশৈ শকপা অমসুং জগোই শাবা পামই। নুপা অহুনা শান্নু খোংনবা য়াম্না পামই। মেক্সরেলগী ইমুং অসি য়াম্না নুংঙাই যাইফবা ইমুং ওইনা তৌই। Mrs. Maxwell অসি থবক তৌদে। মহাক ইমুং মনুংগী থবক তৌবদা য়াম্না তৈশিংবী অমা ওইরমই। মেক্সরেল অসি Civil Service-তা থবক তৌই। মহাক্না মতমদা পাল্লম্বা England গী নিংথৌদি George V নি। George V না পান্দ্রিভৈদগী হৌনা English শিংনা পৃথিবী অসি জয় তৌরমই। মখোয়না জয় তৌবা লৈবাকশিং অসিদা অফ-অফবা মীশক খন্দুনা Agent ওইনা থারমই। মরু ওইনা Civil Service তা থবক তৌবা মীওই-শিংবু থাই। English শিংনা India অসি লৌরমই। অহানবদা English শিংনা Calcutta লৌই। মথংদা Bombay and Madras লৌশল্লমই। Calcutta দা কোম্মুং ওইহনা Viceroy অমনা শাসন তৌই।

India অসি লৌরবা মতুংদা India গী চীংমান, লম্বী থোং অসি অম্মুম য়েংলকপদা Manipur গী চীংশিং অসি উবকই। কাছারগী মাশিংনা চাং অসি লান্দুনা চংথোক চংশিন অম্মুম তৌবা অসি উরমই। মদু উরগা চাং অসি লান্থোক্লগা নিংখিবা লম অমা লৈমানে হায়না সাহেবশিং অসিনা খল্লমই। মখোয়না চাং অসি লানথোক্নুনা য়েংবা মতমদা মখোয়না নিংবা লম অদু লৈরমলে। হায়রিবা লম অসি মনিপর হায়বা লৈবাক অসি ওইরমই। অহানবদা East India Company না Brigadier অমগা, Officers খবগা অমসুং British Army খরগ মণিপুরদা থারমই। মখোয়না থারকইবা Britishকী মাওইশিং অদুনা ইরায় লায়না মণিপুরদা চংবা ওম্লমদে। মৈতৈ অকল মথৌশিং, পাওনা ব্রজবাশিনচিংবনা থিংলমই। মৈতৈগী খৌনা ফরবা পাওনা ব্রজবাশী অমদি মৈতৈগী অকল মথৌশিংগী হকচাংনা তর্পণ ওইনা খোংজোমদা মথরাই থাব্রবদা British না হাকপু হাংলগা মণিপুরবু লৌরমই মণিপুর অসি British না লৌবা লোয়রবা মতুংদা মখোয়না য়ুম কৈ শাদুনা পারে। লম্বী, থোং কয়ামরুম মণিপুরগী চাওখৎনবগীদমক শেমলমই। অহানবা মণিপুরগী হৌজিক লৈরিবা গভর্ণরগী য়ুম অসিমক মেক্সরেল ( Political Agent ) না শারমবনি। হায়রিবা য়ুম অসিদা British না Conference অমা ফমনবগীদমক Royal Family শিংবু বার্ত্তন তৌরমই। নিংথৌগী মচানুপা কোইরেং যুবরাজবুসু তৌরমই। কোইরেং অসি ময়াম্মা

কোইরেং কংত্রাল হায়না খংনৈ। কোইরেংনা মঙোন্দা করিগুম্বা অমা তৌগদৌরে হায়বা অসি মেমন্নুপী অমদগী খংলে। মসি মেমনুপী অহুনা থম্বাল অমা পায়শিন্নরগা কোইরেংদা ইঙ্গিত তৌহনা খঙহনখিবনি। কোইরেং অহু শগোল তোংলগা হনখিরমই। মতুংদা সাহেব মঙাগী মকোক ককতুনা হাংখিবগী মতমদা সাহেবশিং অহুনা My God My God হায়না কাংজেবুংগী অকোইবদা চেনখিরমই। মৈতৈশিংনা থংদহুনা সাহেবশিং অসি গো গো খোংতুনা চেললি হায়। মতম অদুদা মেক্সরেলনা Political Agent ওইনা লৈরমই। মেক্সরেল অসি মথৌনা লৈবা, হৈশিংবা মীনি। East India Company না মেক্সরেলবু মপুক প্রকচেল তপই অমস্তুং লৈবাক্কী শাসনসু হৈ হায়হুনা মহাক মণিপুরদা Political Agent ওইনা থারকপনি। মেক্সরেলনা চংখিবা মকম অহুদি শোয়দনা লৈবাক মরা চেংনা শানগনি হায়বা অসি East India Company গী রাখলনি। মেক্সরেল অসি য়াম্না মথৌনা লৈবা, শিবা কিদবা মাশক অমা ওইবনই। পুন্নমক অসিগী Head Quarter দি England দা ওইরমই। থবক খুদিংমক England না হায়রকপা মতুংইন্না তৌই। Calcutta দা Capital ওইহুনা। অহুগা মণিপুরদনা মেক্সরেলনা Political Agent ওইরমই। মহাক্না মনিপুরগী চাওখং খোরাং কয়ামরুম তৌরমই। মহাক্না চাং, তম ফাওননবগীদমক্তা, হায়হুনা লম্বী, থোং কয়া শেম্লমই। Burma অসি ফাওননবগীদমক্তা হায়হুনা Burma Road অসি

শেম্লমবনি। চীংদা লৈবা মীশিংগীস্থু হুংঙাইনবগীদমক্তা হায়হুনা চীং লম্বী কয়াস্থু শেম্লমই। চীং কয়া চৎতুনা চীংদা লৈবা মীশিংগী য়ুমবান-কৈবান অমস্থুং লাইরিক লাইস্থু তম্বগী য়েংশিল্লমই। মণি-পুরগী লম কয়ামরুমস্থু প্রজাগীদমক্তা Office, School অমস্থুং অঙাংশিংগী শাল্লবুং শেম্লমই। কোলেজ শাল্লবগীদমক্তা হায়হুনা অহাংবা লম রাসলেন ওইনা থম্লমই। লম্ফেল অমস্থুং D.M. College Compound, D.M. College Compouud অসি মতম অছুদা কাবো লৈকাই হায়না থংনৈ। জাপান লালগী মতমদা কাবরস্থু ওইরমই হায়। হৌজিক লৈরিবা গভর্ণরগী য়ুম অসি সনাতোম্বী লৌবা Maxwell সাহেবনা শাবনি। মসি হাপ্তা বঙ্গলা হায়নস্থু থংনৈ। হাপ্তা মনুংদা সনাতোম্বীনা জগোই রাস শাল্লরমই। হায়রিবা জগোই রাস অসি মনিপুর প্রজাশিং খঙকপা অমা ওইনা থোকখি। মনিপুরগী কোনুং অসি অহানবদা কংলাদা ওইরমই। সাহেবনা পানবা মতমদা ময়াই চাদে হায়হুনা হোংদোক্লমই। Aeroplane না য়েংবা মতমদা মণি-পুরগী ময়াই ওইবা মফম অসি হৌজিক কোনুং ওইরিবা ওকেন্দ্রো মহারাজনা লৈবা অসিনা ময়াই চায় হায়হুনা মফম অসিদা ওইখিবনি। লম্বীদা উ থাবা অসি মেক্সরেলনা হৌদোক-লম্বনি। লম্বী চৎপা মীশিংগী পোথাফম ওইনবগীদমকনি। হৌজিক ময়াম্না থাঙ্গাল রোড (Road) কৌরিবা অসি মেক্সরেল রোড (Road) কৌরম্বনি। Minor Raja (চুরাচান্দ মহারাজ), গী লাইরিক লাইস্থু তম্বগী থবক অসি মহাক্না য়াম্না কুপনা য়েংশিল্লমই।

হৌজিক লৈরিবা পোস্ত ওফিস অসিদগীনা গবর্ণরগী মমাং অসি ফাওবা অসি নিত্য-ইপাত চুথেক হায়না খংনৈ। পোস্ত ওফিস অসিগী লম অসি নিত্যাইপাত হাওবী দেবীগী ইংখোলনি। মেক্সরেল সাহেবগী মতমদা লম অসি লৌশিনখিবনি। মেক্সরেল সাহেবকী মতমদা অঙাংশিংবু লাইরিক তম্নবগীদমক School লিংখংলমই। Johnstone সাহেবনা ইহান হান্না Johnstone School হায়না হৌজিক খ্বাইরমবন্দ কৈথেলগী New Market ওইরিবা অসি শারম্বনি। হায়রিবা School অসিদা অঙাংশিংবু লাইরিক তমহল্লমই। নরসিংহ মহাবাজগী মচা মশু থিরগা নিংথৌ হাপ্লমই। Maxwell ( Political Agent ) না Minor Raja ( চুরাচান্দ মহারাজবুস্থ ) য়াম্না অন্নাংবা থাক্তা থনমই। মণিপুরগী অহানবা Court ওইনা চৈরাপ, Panchay অমসুং Garot হায়না Court অহুম অসি থনমই। মসি মেম মুপী অমনা পুথোক্লমবনি। সাহেবশিংনা Shillong দা Summer গী মতমদা চংতুনা লৈরমই। Shillong অসি য়াম্না ইংবা মফম্নি। M.K. Sanatombi গা Maxwell ( Political Agent ) গস্থ Sillong দা লৈবা Bleak house তা হেক হেক চংতুনা লৈরমই। সনাতোম্বীগী মরমগীদমক্তা মহাকপু মণিপুরদগী London দা কৌথিরমই! মহাক্না London দা লৈরবস্থ M.K. সনাতোম্বীগী Case তি স্থকলোই লোইখিদে। Case অসিগী মরমদি সনাতোম্বীবু মাগী মুপা ময়ুমদগী খাইনদনা লৌখিবগীনি। Case অসিগী মরম অসি London দস্থ য়াম্না কুপনা খিজিন্নমই।

মণিপুরদা লৈবা প্রজাশিংনা য়াম্না অচৌবা ইরাং অমা থোকখি। মণিপুরদা Case অসিগী মরমদা ইবা অসি Shillong দগী লাকপা হাদিজাম্বা চৈত্যাননা ইবনি। Maxwell বু Londonদা য়াম্না থুনা কৌরমই। মেক্সরেলনা London দা চৎলমদাইদা সনাতোম্বীবুস্থ London দা চৎনবা হায়রমই। সনাতোম্বীনা খুমখি "ঐদি মণিপুর গোবিন্দ থাদোকপা ঙমজরোই"। মতুদা Maxwellনা হায়খি "ঐ London দা চৎলগে ঐ অমুক থুনা লাকে। নংগা ঐগা লমাংদোংগী মুং অসিনা য়ুম শারগা ঐখোয় অনি অমুক লৈমিন্নসি"। মেক্সরেলনা চৎখিবা অসি ১৯০৫ ফেব্রুয়ারি থাদনি। সনাতোম্বী নারে তাবদা, মহাক London দগী Calcutta দা থোরকই। মহাক থোরকপা মতমদা সনাতোম্বী শিরে তাবদা মেক্সরেল খুবী চিকুনা য়াম্না মুংঙাইতনা লৈরমই। মেক্সরেলনা চৎলমদাইদা মেক্সরেল সাহেবতা সনাতোম্বীনা হায়খি "সাহেব ঐনা হয়েং শিরগা ঐগী ইশা অসি মৈ থাবীয়ু। নখোয়গী ফুম্বা অহু পামদে" মৈ থাবীগনি হায়না মেক্সরেলনা খুমখি। মণিপুরগী অঙম অথৌশিংদা মেক্সরেলনা হায়রমই। সনাতোম্বীবু হয়েং মহাক্না শীরগা মাগী মশা অসি মৈ থাবিয়ু"।

## সনাতোম্বী শিবা

মেক্সরেলনা হংখি। সনাতোম্বীগী মশা অহু মৈতৈগী হৌনবী মতুংইন্না মৈ থাখিগ্রবরা? মৈ থাগ্রে খুমখি। সনাতোম্বীগী মশা অহু মৈ থাখি হায়বদা মহাক অহুকী মতিক মুংঙাইরমই।

অতুম ওইনমক মহাক মপুক্লিংদদি য়াম্না মুংঙাইখিদে। মহাক্না সনাতোম্বীবু য়াম্না মুংশি। মেক্সরেলনা খুবী চিকলগা O, My God হায়না মেক্সরেলনা শোনখি। মেক্সরেলনা ময়ুমদা হল্লক্লবসু সনাতোম্বীবু খন্দুনতা লৈরমই। সনাতোম্বী শ'রবসু Case তি অতুম চৎথতুনা London দা লৈরমই। সনাতোম্বীনা শীবা অসি ১৯০৬ এপ্রিলগী তাং ২৭ তনি সনাতোম্বী শীরে তাবদগী মেক্সরেল Culcatta দগী হনখিরমই।

## সনাতোম্বীগী হৌরকফম

অরা লালগী মতুংদা নরসিংহ মহারাজনা নিংথৌ ওইদুনা কংলাদা পাল্লমই। নরসিংহ মহারাজ অসি মথৌনা লৈবা, প্রজাদা অফবা থবক তৌবা, অমসুং লৈবাক মরাচেংনা পানবা নিংথৌনি। মহাক্না British সরকারগা ইনথিবা মরমশিং অহু চপচানা থবক তৌই। গম্ভীর সিংহ মহারাজনা নিংথৌ ওইরগা নরসিংহনা মন্ত্রি ওইতুনা লৈবাক মরাচেংনা পাল্লমই। অরানা (Burmese) মৈতৈ লৈবাক্তা লানদারকপা অহু নরসিংহনা য়াম্না ফজনা লৈবাক ঙাকলমই। অরাশিংবু (Burmese) মায়থিবা পীখিবসু নরসিংহগী মথৌনাননি। গম্ভীর সিংহনা লৈবাক মরাচেংনা পানখিবসু নরসিংহগী মরৌশিংননি। গম্ভীর সিংহ মহারাজনা শিরমদাইদা চন্দ্রকির্ত্তি, (নিংথেম পিশক) অসিবু নরসিংহগী মখুত্তা শিন্নরমই। মৈদিংঙ নরসিংহ মহারাজনা শিঙ্গবা

মতুংদা গম্ভীর সিংহগী মচানুপা চন্দ্রকির্ত্তিনা কংলাদা নিংথৌ ওইহুনা পাল্লমই। চন্দ্রকির্ত্তিগী মচা নুপা মরিনি। খ্বাইগী অহলনা সুরচন্দ্র, নিংথেমহলনা কুলচন্দ্র, কোইরেং (কাটবাল) অমসুং পাকাম্না (শগোল হুঞ্জবা) মখোয় মরিনি। নুপীনা ফাদেংসনা, মখাওসনা, থারাকসনা অমসুং অমুম্নানি। সনাতোম্বী অসি চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজগী মচানুপা অহল সুরচন্দ্র মহারাজ, ময়াম্না নিংথেম নিংথেমহলনা পোকপা মচানুপী অহলনি। সনা-তোম্বী অসি কংলাগী কোনুং অসিদা লৈহুনা চাওরকপনি। সুরচন্দ্র মহারাজগী মচানুপী অনি অমসুং নুপা অমনি। সনাতোম্বীনা খ্বাইগী অহলনি। লুখোয়স্না অসি সুরচন্দ্রগী মচা নুপানি। সনাতোম্বী অসি যশুমতীনা পোকপনি। যশুমতী অসি তেরা সাপম লৈরক্নীনি। মহাক সাপম নিংঙোলনি।

## সনাতোম্বীগী অহানবা পুন্সি

চন্দ্রকির্ত্তি মহারাজনা শিরবা মতুংদা সনাতোম্বীগী মপাবুং সুরচন্দ্র মহারাজনা নিংথৌ ওই। সুরচন্দ্রনা নিংথৌ ওইহুনা কংলাদা পানখি। সুরচন্দ্র মহারাজ অসি মতম য়াম্না কুইনা পানখিদে। মরমদি, মমা তিন্নদবা মচিন মনাওশিংগা নিংঙাই শাংদানরকপদগী মনাও ইবুংঙো কুলচন্দ্রনা নিংথৌ ওইখি। সুরচন্দ্র মহারাজনা মণিপুর থাদোকুনা কলিকাতাগী ইংগ্রেজী সাহেবশিংগী মফমদা চংহুনা কলিকাতাদা লৈখি।

মজাইবেম্মা, স্নাতোম্বী অঙাং ওইরিঙৈদগী মবুধৌ ইবুংঙো চন্দ্রকির্তি মহারাজনা য়াম্না লুনা চান্না তৌরকই। মহাক য়াম্না কে-মৌনা য়োকলক্লুনা মহাক্না তৌনিংবক্তা তৌহনা কোন্নুংদা লৈরকই। মহাক্না তৌবা থবক্তা কনা অমতনা থিংবা ঙমদে। মবুধৌনা অস্নুক্কী মতিক লুনা চান্না তৌবা হায়ববু, মবুধৌনা চৎপা খুদিংদা মহাকস্নু লোইনৈ। অসিদা নত্তনা, লৈবাক্কী হরাও কুম্মৈগী মতমদস্নু মবুধৌ ইবুংঙো চন্দ্রকির্তি মহারাজনা মশুন্নুপী স্নাতোম্বীবুস্নু প্লুহনা চৎলি।

মজাইবেম্মা, স্নাতোম্বী মপি নাইনা য়োকলকপনি। মহাক কাং শান্নবা, জগোই শাবা অমস্নুং ঈশৈ শকপা লোয়না নিং-থিনা হৈ। নুপী অমা ওইবগী হৌনবী ইমুং-মন্নুংগী থবক থানাস্নু চংখোন্না থঙই। অসিগী মথক্তা নিংথৌ মচা অমা ওইবগী চপ চাবা গুণশিংগা লোয়ননা বুদ্ধি লৌশিং লৈবী অমস্নুং পুকচেল চাওবী নিংথৌ মচানুপী অমস্নু ওইরমই।

মাগী মনাও ইবেম্মা খোমদোনস্নাগী মচাশিংগী মতেং ওইনবা হায়হনা মহাক্না লুপা ৫০০০, গী উইল অমা ইহনা থম্নমই। মহাক্না শিগ্রবা মতুংদা মজাইবেম্মা, খোমদোস্নাগী মচানুপা রামলালনা লুপা লিশিং অমমম লৌথোকখি। রামলাল, স্কুল ইন্সপেক্টর ওইরমই। মহাক উব্রিপোক তৌরাংবম লৈকাইদা লৈরমই। মৈনো সিংহ, রামলালগী মপা অমস্নুং খোমদোমস্নাগী মপুরোইবনি। হৌজিক্ শগোলবন্দ অমস্নুং উরিপোক লোম্নবদা লৈরিবা থোং অহাইবী অস্নি মৈনোগী মিংদা শাখিন্ন থোংনি।

মজাইবেম্মা, স্নাতোম্বী অস্তুক সুংঙাইরবস্থ মহাকপু পোকপা মপাবুং মহারাজ সুরচন্দ্রনা মণিপুর থাদোকুনা কলিকাতাদা লৈখ্রগা কন্না স্না হকচাং ইরক্কনা, অতুম, কলিকাতাদা ঈশ্বরগী খুয়া তানখি। মসিদা মজাইবেম্মা স্নাতোম্বীগী থম্মোইদা অস্তুকী মতিক শোকখি অমস্নুং সুংঙাইখিদে।

## সনাতোম্বী থাজবা

মহারাজ চন্দ্রকীর্তীগী মজাইবুংঙো অহল, সুরচন্দ্র মহারাজ ময়াম্না খঙনবা নিংথেমহলগী মজাইবেম্মা স্নাতোম্বী মপুং মরৈ ফারক্কনা নুপীমচা অমা ওইবগী লুহোং-খোংদোংবগী চহি মতাং, চহি ১৭/১৮ শুরক্লমই। লৈশাবী অমগী হৌনবী নিংথিবা গুণ-শিং, শকতা চুদা অমত্তা ল্লাংতনা ফজবী মজাইবেম্মা শ্নাতোম্বীনি।

লৈবাক্কা মজাইবেম্মা শ্নাতোম্বীগী অস্তুম্না ফজবা অমস্নুং চহি মতাং অসিদি থাজবগী (লুহোংবগী) মতম ওইরে. মতিক চাবা বর (নুপা) য়েংতুনা থাজখিবনা ফরবনি হায়না ঙাংনরকলে। স্নাখ্বাইবেম্মা, শ্নাতোম্বীগী মমাশিজনগু স্নাতোম্বীবু থাজবনা চুমল-মাল্লে হায়না খন্দূনা মতিক চাবা বর থিবা হৌখি। অস্তুম থিরকপ-দা রাংখৈ লৈকাইদা লৈবা নোংমাইথেমগী মনিকচান্দ সিংহবু মজাইবেম্মা, স্নাতোম্বীগী বর ওইনা খনখি। মনিকচান্দ কারবার তৌবা মীওইনি। মহাক লংফৈ তোইনা তোইনা চৎতুনা কারবার তৌই। মরম অতুনা মহাক লোল-শি কয়ামুক নিংথিনা খঙই। সাহেবনা পানবা মতম অসিদা ভতৈ লোন খঙবা মীওইসি য়াম্না

তাংই। অহুবু মহাক্কী মপাদি লৈখিদ্রে, মমাতংগা লোইননা লৈরমই।

অস্থুম্না, স্নাখ্বাইবেম্মানা নিংথৌগী মচাম্নুপী অমগী হৌনবী চপচানা অওং-অউন অমস্থুং মীনাই মিশল ফাওবা তমহুনা মজাইবেম্মা স্নাতোম্বীবু নোংমাইথেম মনিকচান্দা থাজখি।

মনিকচান্দী, মাগী কারবারগীদমক লংফৈ চংথোক চংশিন তৌবা অহু অহুম চংথরি। মনিকচান্দগী মমা, স্নাতোম্বীগী মনেম-বোক্পা শ্নাতোম্বীবু য়াম্না নুংশিনা চান্না তৌহুনা মহাক্পা তৌনিংবতা তৌহুনা নোংমাইথেমগী ইমুংদস্থু মজাইবেম্মা, শ্নাতোম্বী লৈরকখি। মজাইবেম্মা শ্নাতোম্বী, মনাই মিশল উল্লকলবস্থু মহাক য়ুম অমগী মৌ অমা ওইবগী হৌনবী ইমুং মস্থুংগী থবক থানা পুম্নমক মহাক মশামক্পা হেক্তা তৌথোকই অমস্থুং মনেমগী সেবাস্থু ফজনা অহুমক তৌই।

## নোংমাইথেমগী ইমুং

মজাইবেম্মা, শ্নাতোম্বী অঙাং ওইনা নোংমাইথেম, রাংখৈ লৈকাইদা ওংলক্তনা লৈরকলে। মহাক্পা তৌবা থবক খুদিংদা মনেমবোক্পা মহাকপু অঙাং ওইনা লুহোংলকপা অহুদা মনেম্না মমৌ ইবেম্মবু করি অমত্তা তুক্কা থিবীরমদে। মহুগী মহুৎত্তা য়াম্না নুংশিনা লোয়নরমই। শ্নাতোম্বী নিংথৌমচা ওইহুনস্থু অমস্থুং মনাই মশন লৈহুনস্থু মীগী মখুৎ খক ঙাইদে। মহাক মশামক্পা থেংনরুবা থবক অহু হেক্তা তৌথোকই। অসিদা নত্তনা

কিয়োনম্ভু অত্তুম শাই। নিংথৌ মচাম্ভুপী অমনি হায়রতুনা থক চাওথোকপা তৌদে। মনিকচান্দনম্ভু মনিপুরদগী পোৎচৈ অতৈ তিল্লগা ময়াং লোমদা পুতুনা চৎলগা পোৎচৈশিং অতু থাদোকলুই। অতুগা, মহাক্না মনিপুরদা লাকপা মতমদা অতৈ অতোপ্পা শোৎ· চৈশিং অত্তুম পুথোক্লগা মনিপুরদা য়োনশি। মহাক্না শ্নাতোম্বীগী-দমক্তা অখন্নবা পোৎচৈনচিংবা কয়া লৈরক্তুনা মখোয় হুংঙাইনা লৈমিন্নরমই।

অস্তুন্না নোংমাইথেমগী ইমুংদা মজাইবেম্মা শ্নাতোম্বীনা হুংঙাইনা লৈরক্লবা মতুংদা অহোংবা অমা লাকপা হৌখি। শ্নাতোম্বী, নোংমাইথেম মনিকচান্দগী য়ুমদা অতুক হুংঙাইনা লৈরকপা অতু **Maxwell** সাহেবকা থেংনরুবদগী মহাক্কী পুক্লিংদা ব্রাথল অমা লাক্কুনা অহোংবা খোংজেল অমা লাকপগুমখ্রে। মরক অসিদা মহাক্কী অওনবা ব্রাথলগা লোয়ননা, মপাবুং ইবুংঙো মহারাজ স্থুরচন্দ্রনা কলিকাতাদা চেন্দুনা সাহেবকী মফমদা চংজ-তুনা লৈখিবা অতুগী হুংঙাইতবম্ভু ফাওখি। মতম অসিদা মৈতৈ পুয়াগী থাজনরা ব্রারী "স্নাগী শেনপাক্তা লমহুইনা মম্বুং হানগনি" হায়বগী ব্রাফম থোকখিবা অতু মজাইবেম্মা শ্নাতোম্বীগা মেক্সরেল সাহেবকী মতাং অসিদগীনি।

## স্নাতোম্বীগা মেক্সরেলগা অহানবা উম্নবা

মজাইবেম্মা, স্নাতোম্বী নোংমাইথেম মমিকচান্দ, মপু-রোইবগী ময়ুমদা মৌ অমা ওইতুনা, মুপী অমা ওইবগী থবক থানা

তৌহুনা লৈরি। মনিকচান্দদি অয়াম্বা মতমদা লংফৈদা লৈ। মহাক অমুক হেক থোরকই অহুগা অমুক হেক্তা চৎখি। অস্নুন্না ময়ুমদা লৈতানা খক লৈতে। মজাইবেম্মা, সনাতোম্বীগী মনেম-বোক্সু মহাকপু লুনা অহুম তৌই। অমরোমদা মমৌ ইবেম্মা সনাতোম্বীনা নিংথৌ মচানুপী অমা ওইজরবস্নু মনেমবু য়াম্না কিনা লুনা চৎলি।

মতম অসি সাহেবনা পানবনা লম্বী থোংগী ফিভম অসি মখোয়না য়াম্না চেকসিন্না য়েংশিল্লমই। মহুগীদমক্তা মেক্সরেল সাহেব ( Political Agent ) মণিপুরগী লম্বী-থোং য়েংবা অসি মশামক্তা চৎতুনা য়েংলমই। নোংমদি মেক্সরেলনা য়াংখৈ শো-রোক্তা লম্বী য়েংবা লাকপদা মজাইবেম্মা সনাতোম্বীবু উখি অমস্তুং সনাতোম্বী অসি মহারাজ সুরচন্দ্রগী মজাইবেম্মনি হায়বা অসি মহাক্তস্ত খঙখি। মতম অসি উরিপোক, শগোলবন্দগী লম্বী শেম্বা লোইরক্লুনা মেক্সরেলনা য়াংখৈগী লম্বী শেমগৎনবা হৌরক-পা মতমনি। মরম অসিনা মেক্সরেলনা তোয়না য়াংখৈ লম্বীদা চংপা হৌখি। অমরোমদা, মজাইবেম্মা সনাতোম্বীস্নু শ্রীশ্রীগো-বিন্দবু অহুম দর্শন তৌবা অমস্তুং জলেকেলী তম্বা কোনুংদা হেক হেক চৎপনি। অস্নুন্না লম্বীদা মখোয় অনি তোয়না উনখিবনি।

নোংমা মেক্সরেলনা হাওবা শারৈগা থেংনখি। শারৈ, মণি-পুরগী লাইরা-তিনরা য়াম্না খঙহৈবা মাইবা অমনি। মেক্সরেল অমস্তুং শারৈনা লাইরা তিনরাগী মরমদা রারী রাতাই অস্নুম শানখি। মতাং অশিদা মেক্সরেলনা হংখি "লাইরা হায়বা অসিবু

করিনো ? ঐদি মহ খঙদে। ঐখোয়গী সাহেবশিংদদি লৈতে"। সাহেবকী থাজদবা মতৌ অহু উরহুনা শারৈনা হায়খি। "সাহেবনা অনিংবা নত্রগা অপাম্বা অহু ঐঙোন্দা হেক্তা হায়বিয়ু, ঐনা লাইরাগী পাম্বৈনা নিংবা থুংনবা তৌজগে, অহুগা লাইরা-তিনরা মহৈগী শক্তি চাং য়েংবীয়ু।" মতাং অসিদা মেক্সরেলনা মজাইবেম্মা স্নাতোম্বীবু মাগী লোইনবী ওইনিংবগী আশা অহু ফোংদোক্নুনা মাগী অপাম্বা অহু খঙহনখি। মেক্সরেলনা মজাইবেম্মা স্নাতোম্বীবু খোইদারে হায়বা খঙলহুনা শারৈনা আতর গুলাপ অমা সাহেবতা পীহুনা মনম নমহনখি। মহুগী মতুংদগী মেক্সরেলনা স্নাতোম্বীবু উত্রবদি লৈবা ঙমদ্রহুনা স্নাতোম্বীবু উন্ননবা উপায় কয়া থিবা হৌরকই। মতম অসিদা মজাইবেম্মা স্নাতোম্বীদি নোংমাইথেম ময়ুম রাংখৈদা লৈরমই। অম্মুম্না মেক্সরেল, রাংখৈ শরক্তা তোইনা তোইনা চৎপা হৌরকই।

নোংমদি, মজাইবেম্মা স্নাতোম্বীনা শুমাংদা লৈবা উরহুনা, মেক্সরেলনা মখোয়গী কোম্থোং ফাওবা চংলক্নুনা মজাইবেম্মা স্নাতোম্বীবু করম তৌরিবগে, নুংঙাইরিত্রা হায়না হংলমই। মজাইবেম্মা স্নাতোম্বী পাওথুম অমত্তদি পীবা ঙমদ্রে, অহুম ওইনমক মজাইবেম্মাগী মাইথোংদা মোমোন মোমোনদি অহুম নোকখি। সাহেব, রাহৈ খরা অহু হায়রম্নগা অহুম চংখি। মতাং অসিদা মনিকচান্দগী মমা, মজাইবেম্মা স্নাতোম্বীগী মনেমবোক্না অম্মুম্না খনজখি। মহুদি, মচানুপা মনিকচান্দ লোল-লি খঙবা মহাক অহু লৈরম্নবদি সাহেব অহুবু কৌশিন্দুনা রারী-রাতাই তৌরমগদোব-

নিদো। মনিকচান্দ লৈতবনা সাহেব অসি কোম্পোংদগী হনখ্রেদো। মতমগী মতুং ইন্না ব্রাংখৈগী লম্বী শেম্বা লোইখিহুনা ব্রাংখৈ লম্বীদা তোয়না লাকখিদ্রে। অমরোমদা মেক্সরেলনা **East India Company** গী **Order** অমগী মতুংইন্না মহাক **England** দা চৎখি। মতম খরদি মজাইবেম্মা স্নাতোম্বী অমস্নুং মেক্সরেল উনখিদে।

মজাইবেম্মা স্নাতোম্বী স্না হকচাং ইরমই। মতম অসিদা মনিকচান্দদি মাগী করবারগীদমক্তা লংকৈদা লৈরমই। মহাক মজাইবেম্মা স্নাতোম্বীগী হকচাং ইবগী পাও তারমদে। অহুবু, মনিকচান্দ হল্লকলবদা মমাশি ইবেম্মদা. স্নাতোম্বীনা মশা ঙমদবগী পাও অহু নোংমাইথেম ইমুংনা করিগীদমক্তা কোম্নুংদা খঙহল্লকত্রিবনো হায়না শাওরমই। অম্মুন্না, মজাইবেম্মা স্না হকচাং ইরিঙৈদা মজাইবেম্মা স্নাতোম্বী স্না কোন্নুংদা লৈখি। মতম অসিদা মেক্সরেল সাহেবস্থ হল্লক্লনা মসিগী পাও অসি তারমই। অহুবু মখোয় অনিদি উন্নবদি ফংনরমদে।

মতম কুইনা সহেবকা উনবা ফংলক্লবদা মজাইবেম্মা স্নাতোম্বীনা মপু শেলুংবগা ব্রা তানখি। মখোয়না তান্নখিবা ব্রাফম অহু মীনাইন্নুপী অমনা তাখিহুনা মাগী মপুক্লিংদা মুংঙাইতবা পোক্লনা অম্মুন্না মচিন্দগী রাহৈ ওইনা থোকখি "স্না ইবেম্মা অসিবু সাহেবতা ওংলগদোরবোইরে।"

অমরোমদা মেক্সরেলস্থ স্নাতোম্বীবু উননিংবগী রাখলনা মহাক্কী থবক থানা ফাওবদা পুক্লিং চংলক্রে। মতম লৈবা

খিরিক্তা স্নাতোম্বীবু করম্না উনগদগে হায়বগী রাখলনা চিন্তা ওইদুনা লৈখ্রে। মতৌ অদুবু উরগা মাগী ওফিসকী মীওই-শিংনা সাহেবনা অঙাওবদৌনা তৌরিবা মতৌ অসিবু করিনো হায়না অমগা অমগা ঙংনরমই।

মতম অদু মেক্সরেলনা মৈতৈলোল থোক্কুনা মৈতৈলোলনা রারি রাতাই শাবা ফাওবদি ঙমলে। মহাক্না কনাগুম্বা উ শুবা অমা থেংনদুনা মাগী মতেংনা মজাইবেম্মা স্নাতোম্বী মখোয় অনি উনখি। অমস্তুং মতম কুইনদগী উন্ননিংবগী লাংতক্করম্বা মখোয়গী থম্মোয়শিং অদু থরা মখৈদি মরেং তাখিরা হায়না নিংখি।

মজাইবেম্মা স্নাতোম্বীবু উনরুবা নুমিৎ অদুদগী মেক্সরেলনা ময়ুমদা হল্লক্লগা মাগী কাদা হংগৎ হন্দা চৎতুনা রাখলগী লংলা লংজিন্না পুন্দুনা লৈরুরবা মতুংদা অস্নুম্না হায়রকলমই "ঐনা শারিবা য়ুম অসিদা স্নাতোম্বাগা ঐখোয় অনি লৈমিন্নরবদি ঐহাক ওন্থোক্না নুংঙাইগনি।"

## মেক্সরেলগী রাথল

মেক্সরেল ইংলিস হায়বা চাউখৎলবা জাতি অদুগী মাশক অমনি। অহানবদা মহাক মথৌ চপচান। খঙবা ইংলিস জাতিগী লৈবাক ঙাকপগী হৈশিংবা মাশক অদু ওইরমই। মণিপুরদা লাক্কুনা Political Agent ওইদুনা মথৌ খঙবা ইংগ্রেজ ওফিসার অমা ওইনা থবক থানা খুদিংদা পুক্নিং চংলমই।

অসুম্না মেক্লরেল, মাগী পুন্সিগী লম্বীদা অহোংবগী ৱাখল লাকপা হৌবক্লমই। মগাক মশামক ইংলিস জাতীগী মীওই অমনি হায়বা ফাওবা কাওব্রা হায়না নিংখি। মরু ওইনা মজাইবেম্মা সনাতোম্বীগা উন্নরুবদগী মাগী ৱাখল সনাতোম্বীগী সমাজদা চংলকপ্রা ? মহাক্লা খনখি সনাতোম্বীনা হিদাকপুদা হিদাক থকপা অত্তু উরগা মখোয়না চরুপ থকপগা অমহানি হায়না খন্দুনা মজাইবেম্মা সনাতোম্বীগী নুংশি লিচিংনা মৈতৈগী চংনবীগী ৱাখন্দা খোংদারক্তুনা মাগী জাতীগী চংনবীব তুংওইনরকপগী ৱাখলনা মাগী পুন্সি লম্লেলদা খোংদারক্লে। মহাক মশামক্লা খনজখি, মতুদি মহাক্লা থাপ্লবা সমুদ্র ৱাংমদগী লাক্লুনা ভারতকী নোংপোক চিদাইগী চীংনা ইকোয় কোইশিনবা লমদম অসি য়ৌরকপদা করম্না মাগী রাগলন অহোংবা লাকখিদা।

অসিগী মতাংদা মেক্লরেলগী মরুপ ইংলিস অমনা মেক্লরেলগী অহোংবা লাক্লিবা মওং মতৌ অত্তুবু উরত্তুনা, মহাকপু করি তৌরবগে হায়না হংখি। মতুদ মেক্লরেলনা খুমখি –"অচুম্বনি মরুপ, ঐগী ৱাখল অহোংবা অমা ওৎরে, ঐহাক নিংথৌগী মচান্নুপী সনাতোম্বীবু উরুবদগী, মাগী অপাম নুংশিবনা ঐগী ৱাখল অসি মওং অমা ওইখ্রে। হৌজিক, ঐনা ঐগী জাতীগী নুপীবু লোইনবা ওইনা লৌবগী মহুৎতা মৈতৈ নিংথৌগী মচান্নুপী অসিবু ঐগী লোয়নবা ওইবদা করি অকায়ব লৈবগে? সনাতোম্বী অতৈ মেমগুম্না ৱাংচাওত্তুনা কুচুস্থ অত্তুন ভোই, অমরোমদা ঐখোয় মেম নুপীশিংগী ৱাজাও ভাংনচিংবা সনাতোম্বীদা লৈতে। করিগুম্বদসু

ঐহাক ইংলিস জাতিনি হায়বা ফাওবস্থু খঙদ্রে মরুপ, মফম অসিদা লৈবাক শাসন তৌগনি হায়হুনা লাক্লণা ঐগী অস্নুম্বা ৱাখল লাক্লি-বনো হায়বা ঐ ইশামক হায়ফম খঙদ্রে, অদুবু ঐনা থাঙেংশংনা লেপলে. মদুদি সনাতোম্বীগী মুংশিববু ঐনা কাওথোকপা ঙম্লোই, ঐনস্থু মাবু মুংশি।"

ইংলিস জাতী অসি মহৌশানা য়ুথকই। মেক্সরেলস্থু অদুম য়ুথক্লমই। মহাক্লা মহাক্কী কাদ' য়ুথক্লুনা সনাতোম্বীগী ৱাখলনা মাংওহুনহুনা ৱাখলগী ইথক্তা তাওহুনা মতম কয়া লেনখি। নোংমদি মহাক শগোল তোংহুনা মজা ইবেম্মা সনাতোম্বীগী শ্না শংগাইবোমদা চেক্তা মরাক্লে। শগোলগী খোংথাং মখোল অদু সনাতোম্বীগী মমাশীজা ইবেম্মনা খঙলহুনা সনাতোম্বীদ। হায়রকই—
"নংগী সাহেব অসি লাক্লে, ঐবু করি ওইগদৌবনো খঙদ্রে? নংবু সাহেবত্তা ওংহুনা জাং তাবা হায়বা অদু থোক্কদৌরব্রা হায়বনি? অদুম্না তৌরবদি ঐখোয়বু কনা অমত্তনা তিন্না তোংনবীররোইদো হায়বা নংবু খঙব' ঙমদ্রবা হায়বনি। করিগুম্বা বাফম অসিবু নোংমাইথেম ইমুংনা ত্তাবগা ঐখোযবু করি হাযগনি। ঐ মাঙজরে, ইকাইদকো মৈত্তৈ লৈবাক অসিদা। মসিবু কবম হায়না থোক ত্রিবনো ঐগী লাইবক অসি ওন্থোক্লা থিখ্রেদকো। হে! গোবান্দ ইবুংঙো ননাইবু লৌশিনবীরো, অস্নুম্না মায় থুনা হিংগদৌবগী শরুক্তা ইবুংঙোগী খুয়াদা লৈজরগে।" মজাইবেম্মা সনাতোম্বীনা মমাগী মতৌ অমস্নুং র'ঙাংশিং অদু তুমীন্না। তারগা অস্নুম্না তপনা হায়রকখি, "ইমা নোংমাইথেম ইমুংনা করি হায়গদৌরিবনো, ঐবু

নোংমাইথেম ইমুংদগী খাইনরবা নত্রা ?  ঐনা অতোপ্পা নিপা অমদা অমুক য়ুম পানবদা করিস্তু কায়দেনা. অদুগা জাং বীজ্জাংকী মত্তাংদদি মুংশিনবশিংগী মফমদদি অমত্তনিনে ইমা।"

# সনাতোম্বীগী রাখল

মজাইবেম্মা সনাতোম্বীগী মুংশি রাখল, শ্মা কোন্নুংদগী গৌখিবনি। মেক্সরেল সনা কোন্নুংদা শ্রীযুং মহারাজগা উন্নবা তোংনলাকখি। অসিগুম্বা তানজা অসিদগী মজাইবেম্মা সনাতোম্বা অমস্তুং মেক্সরেন মখোয় অনিগী মরক্তা মুংশি মুংওনগী অহানবা খোংথাং ওইখি। মুংশিবগী মফমদা জাৎ-বিজাংকা রা লৈতে। মজাইবেম্মা সনাতোম্বীনা মেক্সরেলবু উবমক্তা মাগী থম্মোয়দা মুংশিব হায়বা তিল অদুনা চিকখিদুনা মতম লুম্বদা মেক্সবেলগী মুংশি চৈনানা মতম পুম্বদা মহাকপু ঙাইহাক্তা শাস্তি ওইন লৈহনখিদে। অমরোমদা. জ্ঞান লৈরবা চাওখংলবা জাতি অমগী রায়েন থৌবাংগী দায়ত্ব লৌরিবা চাওখংলবা ইংলিস জাতি অমগী মীওই ওইরিবা, মেক্সরেল সাহেবস্তু মজাইবেম্মা সনাতোমবীগী মুংশিবগী ইচেলদা লৈশিল্লক্কুনা মহাকস্তু মজাইবেম্মা সনাতোম্বীবু মাগী থম্মোয়দা মাগী থাঙ্গশেংবা মুংশিবী মুপী অমনি হায়না মাগী থম্মোয়দা লেংদনা থমখি।

অস্তুন্না মখোয় অনিগী মুংশি ইচেল লেপলমদে। মজাইবেম্মা মোংমাইথেমদা ওংখি, অদুবু মাগী রাখলনা, মাগী মুংশিখিবা

মীওই অতুবু কাওবা ঙমখিদে। মরম অতুমরা, মজাইবেম্মা স্নাতোম্বী মুপা ময়ুমদগী হল্লকুনা স্না কোনুংদা লৈখি।

শ্না কোনুংদা লৈহুনম্মু মজাইবেম্মা সনাতোম্বীগী থম্মোয়দা মেক্সরেলগী মুংশি রাখলনা মহাক পুক্লিং মকা লাম্না লৈবা ঙমদে। মুংশি মাগী রাখলনা মাবু মতম লৈবা খিবিক্তা চিন্তাগী পোৎলুমনা মাঙ ওইনহুনা লৈরমই। মপু হঞ্জবা এহুদি রাখম অসি খঙবনা মেক্সরেলগী মরমদা রারা কয়া শাখি। হনজবনা মশু ইবেম্মদা অমুম্না হায়খি "স্না ইবেম্মা, সাহেব অতুধু স্না ইবেম্মনা পোরিব মওং অসি মঙাই, মহাকম্মু স্না ইবেম্মগী রাখলদা মতম চুপ্পা খন্দুনা লৈব্রা করিনো, স্না ইবেম্মবুত্তা হংহুনা লৈ।" মতু তাবদা মজাইবেম্মা স্নাতোম্বীন হায়খি। "ইপু, মানা ঐবু তোয়না হংই হায়বা, ইপু, ঐনতু মাবু হংলকই হায়হুনা খরা হায়বীয়ু।" হঞ্জবনা হায়, "স্না ইবেম্মনা হায়বাদবী রানি ননাই নপু শোয়দনা হায়জগনি। সাহেতি সন ইবেম্মু তোয়না হংব্রবা পোৎনি।"

মজাইবেম্মা সনাতোম্বীগী মনাওমুপী খোমদোনম্না, অঙাংদি ওইরিবী অতুনা মচেম শিজনা মেক্সরেলগা লৈনরিবা অতু নপাবুং সনখ্বানচিংবা অতৈনা খঙলবদি করি হায়গদগে হায়না মচেম শিজদা হায়খি। মতুদা মচেম ইবেম্মা সনাতোম্বীনা হায়খি "মানা থিনা হায়গে হায়জসনু ঐ মেক্সরেলবু মুংশি, মাবু উদবদা ঐসে অঙাওবিগুম্নবনি, ঐহাক মঙোন্দা শোয়দনা য়ুম পানগানি হায়রিবসিনি। ইম্না শিজনদি মসি পামদে হায়বা ঐ খঙই। স্যাহেবনা

ঐবু উন্নবা লাকপবু ঐ লৈতে হায়রুনা ইমা সিজনা সাহেবপু ঐগা উনহন্দে। মতুদা সাহেব অতু য়াম্না নিংবা কায়বগা লোয়ননা চৎখি।"

অমুন্না মজাইবেম্মা সনাতোম্বীনা মাগী অচেৎপা রাকম মেক্সরেল সাহেবতা মহাক ময়ুম পানবা হায়বা অসি মাগী লেংরেবা রাখল ওইরমই। অমরোমদা মমা সিজ যশুমতিনা মজাইবেম্মা সনাতোম্বীগী অসিগুম্বা রাখল অসিগীদমক্তা অরাবা অমসুং থম্মোয় শোকপনা রাখল লংজিন পুন্দুনা শ্রীশ্রীগোবিন্দজীবু খুরুমজন্নুনা হায়খি। "করি, করম্নবু থোক্লগদৌরিবনো সনাতোম্বী অসি মানা নিংখিবা অতুতবু হেক পাংথোকত্রিমখে নিংহন্নরা লৈতবীনিদো মহাক্তী ঐবু থরায় অসি ওন্থোক্লা রাখ্রেদা।"

## মেক্সরেলনা সনাতোম্বী লৌবা

নোংমা মেক্সরেলনা মজাইবেম্মা সনাতোম্বীবু উন্নবগীদমক্তা লাকখি অমসুং মহাক্না সনাতোম্বীগী মমা ইবেম্মদা মহাক মজা-ইবেম্মা সনাতোম্বীবু উন্নবা লাকপনি মহাকপু মজাইবেম্মগা উন্ন-হনবীয়ু হায়খি। মতুদা মজাইবেম্মা সনাতোম্বীগী মমা শিজা ইবেম্মগী থম্মোয়দা অশাওবা অমসুং পেন্দবগা লোয়ননা হায়খি। "সনাতোম্বী উন্নবা য়ারোই, মহাক নাতুনা লৈ।" মতুদা মেক্সরেল নিংবা কায়বগা লোয়ননা ময়ুমদা হনগ্রগা অমুক তননা মাগী সিফাইশিংগা লোয়ননা লাক্লগা মজাইবেম্মা সনাতোম্বীবু সগোলদা হাপকৎতুনা মহাক্না মতম অতুদা হাপ্তা বাংঙ্গালা হায়না খঙনবা,

হৌজিক্না গোভর্নরগী বাঙ্গলা ওইরিবা মাগী বাঙ্গলাদা পুরকখি-রমই। মেক্সরেল মশাদি মৈতৈলোল নিংথিনা ভাংবা ঙমদ্রুনা মৈতৈলোল থোক্লম্মী। অদুবু মাগী সিফাইশিং অদুদি মৈতৈলোল থোক্তবনা মজাইবেম্মা সনাতোম্বীবু ইমুংদগী পুথোক্তুনা মখোয়না শগোলদা চংননবা হোৎনবদা লোল ফাওনদবনা মওং অমা ওইখি। মসিগী মতাংদা অঙাংশিংনা শান্নবদা অস্লুম্না হায়নৈ "সনাতোম্বী মাংলে মাংলে, বড় সাহেবনা থিকা ওকলে"।

মজাইবেম্মা সনাতোম্বী হাপ্তাদা লৈরক্লে। মেক্সরেলনা মহাকপু ইংলিসকী ফিজেৎ-চাকচা, চংনবী অমস্মুং ইংলিস ইবা পাবনচিংবা ভমবীরম্মী। মজাইবেম্মা চাবগী মতাংদা মহাক ইংলিসকী চিঙ্গাক অদুদি য়াখিদে। মৈথু থকপগী মতাংদা, মজাইবেম্মনা হিদাকপু খুদোং ফানবা অদু উরগা মেক্সরেলনা অদুবু পাইপ থকপা অমস্মুং চুরুপ থকপগা অমহানি হায়না লৌখি।

মজাইবেম্মা সনাতোম্বীগী মনাও ইবেম্মা খোমদোনস্লু মহাক্না হায়নিংলকপদা বন্দ লৈতবা, মহাক্না হায়নিংবা মখৈ দং দং হেক্তা হায়দোকপা জাৎনি। মতুদা মেক্সরেলনা মজাইবেম্মা সনাতোম্বী অমস্মুং মনাও ইবেম্মা খোমদোনসনাবু হেক হেক লরক্লে। লরুবা অসিদা মনাও ইবেম্মা খোমদোনসনানা ঙাংলকপশিং অদু তারগা মেক্সরেলনা য়াম্না লুংঙাইজখি। মরম অসিনা মেক্সরেলনা মনাও ইবেম্মা খোমদোনসনাবু তোইনা মচেম ইবেম্মগী নাক্তা হেক হেক কৌই।

ইংলিসশিংগী চৎনবী, মুপা মুপীগী মরক্তা মুপানা মুপীগী হকচাংবু পায়বা খোৎপা তৌবা অদু মজা ইবেম্মা সনাতোম্বীদি পাখদে। মসিগী মতাংদা মজাইবেম্মনা হায়খি। "মৈতৈগী চৎনবীগা সাহেবকী চৎনবীগা মান্নদে, অস্নুম্না মৈতৈ ঐখোয়দি মুপানা মুপীগী মশাদা পায়নদে।"

ট্রেজুরী ওফীস, মতম অদুগী অচৌবা ওফিস অমনি। মেক্সরেলনা অমুকী পু: ১০ দগী ৪ কাওবা অসি ট্রেজুরী ওফিসতা কাহুনা লৈবাকী অরুবা রাফম কয়া পাংথোকই। অদুগা ইংলিস ওফিসিয়েল কয়া লাক্লবস্নু মফম অদুদা পুননকম ওই। অমনা, হৌজিক লৈরিবা পীঃ ডব্লিউঃ ডিঃ গী মখা থংবদা ডাক বাঙ্গলো অমস্নু লৈরমই মহুদা মখোয় সাহেবশিংগী বার অমস্নুং ক্লবস্নু ওইহুনা মখোয় মশেল অরা পোত্থাফম অমস্নুং হরাও তয়াম পাংথোকফম ওইরম্মী। করিগুম্বা মতমদা মজাইবেম্মা সনাতোম্বীস্নু মেন্সরেলগা লোয়ননা বার অমস্নুং ক্লবকী থৌরমশিং অদু অতুম য়াওখি।

মসিদা নত্তনা মেক্সরেলনা বাঙ্গলাগী থাঙ্গপাংতা মণিপুরগী হিয়াং অমস্নুং মপান কাংজৈবুংদা পানা কাংজৈনচিংবা শান্নবা অদু মপান্দগী লাকপা সাহেবশিংবু য়েংহল্লি। হিয়াং য়েংবা চৎলম-দাইদা মেক্সরেলনা মজাইবেম্মা সনাতোম্বীদা হায়খি। "হিয়াং য়েংবা চৎপদা মণিপুরগী ফিজেৎ অদু শেৎলু, ঐনা নংবু ইংলেন্দগী লাকপা সাহেবশিংগী মমাংদা ঐগী মুপীদি মণিপুরগী নিংথৌগী মচাইবেম্মনি হায়না খঙহনগদৌরিবনি।"

হাণ্ডা বাঙ্গলোরদা রাসকী মান্দোপ শাহুনা, মান্দোপ অহু অনৌবা মখল অমগী মওংদা লৈতেংহুনা মান্দোপকী উখোং খুদিংমক নিংথিবা ফিনা য়োমহুনা মখল মখেলগী নমুনাদা অঙক্পা ফংনা শেম-শাহুনা রাস মান্দোপ অহুদা মজাইবেম্মা সনাতোম্বীনা জগোয় রাস শাম্নখি। মজা ইবেম্মনা তৌগে হায়বদা মেক্সরেলনা অপনবা অমত্তা তৌদনা পাংথোকখিবা জগোয় রাসনি। মজা-ইবেম্মা সনাতোম্বীগী জগোয় রাসকীদমক্তা লৈতেংলিবা লিকোল অমম্মুং ফিজোল অহু য়েংলগা মেক্সরেলনা মাগী থম্মোয়দা হরাও জবগী ওমখৈ লৈখিদে। অম্মুম্না লৈবাক মীয়াম্না অহুগুম্বা জগোয় রাস অহুদি অমুক্তম্মু থোকখিদ্রি হায়নৈ। মজাইবেম্মনা ইমা ইবেম্মা হিয়াংথাং লাইরেম্বীম্মু সনাহিদাক লুপা হিদাক হৈহুন দর্শন তৌই।

মেক্সরেলনা টুর চংপা খুদিংদা মজাইবেম্মা সনাতোম্বীব্রম্মু পুই। মহাক্না মহাকপু ইংগ্রেজী ইবনচিংবম্মু নিংথিনা তম্বীখি। মজাইবেম্মা সনাতোম্বী মখুৎমক্তা ইংগ্রেজীদা চিঠী ফাওবা ইবা ওমখি। মখোয় অনি শিল্লোংদা লম কোয়বা চংপা মতমদা শিল্লোংগী ব্লিক হাউসতা লৈরম্মী। মফম অহুদগী মহাক্কী য়াম্না চাম্না তিন্নবা শ্রীকীর্তি মেম্বরদা ইংগ্রেজীদা চিঠি ইরকখি। অম্মুম্না মৈতৈ মুপীশিংগী মরক্তা ইংগ্রেজীদা চিঠী ইবা অসি বড় সাহেব ওংবা মজাইবেম্মা সনাতোম্বীনা অহানবা ওইগনি।

